# কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল

খাইদেম তোম্বা



রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোল

KOROUHANBAGI AMUBA MANGAL
*a collection of Manipur poems*
*by* **Khaidem Tomba**



*ফোঙবা* : খাইদেম ওংবী মেমচানা বাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলগীদমক ফোঙজবা

*খুৎনম* : জানুৱারী, ১৯৯৭

*মশীং* : ৫০০

*মখুম* : বীরেন্দ্রজীৎ নাওরেম

*মমল* : লুপা ৪০

*নম্ফম* : পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ)
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

# ক্লবকী ৱারোল

ৱাইতর্স ক্লব মণিপুর, নঙোল ইং ১৯৯৫ দা পোকখি। মীওই তরানিথোয়খক্তনা থা খুদিংগী অককনবা চাংদা পৈশা খর খর পুথোক্লরগা চহী খুদিংগী য়ামদ্রবদা অইবা অনীদা লোনগী মতেং পীরগা মশাগী লাইরিক ফোঙহননবগী পান্দমদা হৌজখিবনি। ইমারোলবু নুংশীবীবশিংনা শরুক য়াবীদুনা হেন্না পাকথোক-চাওথোকনা মপুঙফাবা সাহিত্যগী সংস্থান ওইহনবগী পান্দম থমজরি। পোকপদগী লোয়নরক্লবা লাইরিক ইনিংবগী ইহুলদা ৱারেং-শৈরেং কয়াগী মপুদি ওইজরবা অদুগা লাইরিক ওইনা পুথোকনবগী উপায় লৈজদ্রবা কয়াদা মতেং পীদুনা মৈতৈ সাহিত্যগী পুকৈ-লনগৈ চাওথোকহনবনা ক্লবকী মরুওইবা থৌদাংনি।

অদুগা, সংস্থানসিনা সহর ময়োলগী ৱাংমা, তামলবা চীংয়া-তময়াদা কোয়দুনা সাহিত্যগী লৈ-চার হৌফম থিগনি। লৈশিংদুগী মখোঙদা ঈশিং চায়বীরিবা, মখোঙ শেংবীরিবা, লৈকোন শেম্বীরিবা কনাবু পুথোক্কনি। মখোয়গী মতিক-মগুণ শিংথাগনি। শৈথাগনি। লৈশক খনবা, লৈখোঙ শেংবনবু লেপত্রবদি লৈশক-লৈচু হেনবা লৈসু নোংমদদি শোয়দনা থেংনরক্কনি। লৈরাংবীনবসু থোরক্কনি। মিতর লিশিং অহুমরোম ৱাংবা শীরোইগী চীংমায় নাপোমদা শীরোই লিলীনা চহী কুমজা কয়াদগী লেপতনা শাৎলকলি। মখোয়বু কনানসু উবীরুদে। শিংথানবীরুদে। শৈশকপীনবসু থোরকখিদে। অশীৎ-অৱাম্বগী নুংশিৎলক্তা কুমগী লম্মৈগী লমজেল তানফম ওইরকই। অদুবু চহী চাময়াম্থোরোমগী মমাংদা কীঙদোন ৱার্দ অমসুং মাগী লোয়নবীগা অনিদি লৈশিগী ফজবদা ঙাওজখি। মখোয়ননি, 'শীরোই লিলী' মীংথোন্দুনা পৃথিবীদা শক্তাকখিবা। তামখ্রবা উখ্রুলগী অৱাংবা চীংদোন্দা শাৎলিবা লিলীগী নিংথবদু তম্পাক্তা ময়েক শেংনা, তরং তরং উহল্লিবা। অসুম্ন মতম অমগী চীংনুং-মানুংদ কনানসু থৌওইবীরুদ্রবী শীরোই লিলীনা ঙসিদি মণিপুর শক্তাকপী, ৱানী মীংথোল ফংলকখি। তাঙখুলগী ৱারী অমদা — 'শকহেনবী নিংথৌকোলগী চনু লিলীনা মশাবী শীরোই-কশোঙ পাঙ্গলবা মহাক্কী পুন্সি থোঙলোয় ওইবা ফংজখি অতোঙ-অকুৎ নাইবা পুন্সি লম্বী চৎমিন্নবদা খক থাদোকনরোই ৱাশকনখি। শেৎন-খায়নবা থোক্লবা, হরাও-মীনোক তমনগনু ৱারেপনরগা মখোয়নি চীংশাং-নাপোম অমসুং লৈরাং ওইনা শাইওনখি।' অদুঙৈগী ৱাশক্তু শীরোই লিলীনা ঙসিসু ঙাক্লি। মহাক্কা শীরোই কশোঙগী চীংশাং পরেং নুনো অতৈ মফমদা থারবসু লৈ শাৎতে। খুৎচংনা শেম শারবা নীয়ুয়োক্কী বোতনীকেল গার্দেন, শীলোংগী ৱুদলেন্দ লৈকোন্দা মণিপুর শীরোই লিলীগী মীনোক য়েংনিংনা কন্না হোৎনখি। উবদি ফংনখিদে।

ওঙ্গোক্লা রাশক চেৎপী লৈনি, শীরোই লিলী। শীরোই লিলীগুম্না রাশক চেৎপী ওইবা হায়বসিমক রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলগীসু পাম্দমনি।

রাইতর্স ক্লবকী অনিশুবা খুন্নাল্দা পুথোকচরী, শ্রীখাইদেম তোম্বগী শৈরেং লাইরিক কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল। শ্রীতোম্বা, রাংজীংগী রাই কে কলেজদা, সেলেকসন গ্রেদতা মণিপুরী তম্বীরি। মফম কয়াদগী মতম চংনা খোমজিল্লকপা মচু মখল-মখল লৈশিংগী নাচোম লাইরিকসি ওঝাসিগীদি অহানবনি। অখণ্ড-অহৈ সাহিত্য প্রেমীশিংগী মফমদা রাইতর্স ক্লবনা লাম্লোকচরী।

ডাঃ শামুঙৌ

*জেনরেল সেক্রেতরী*

রাইতর্স ক্লব, মণিপুর, নম্বোল

*নম্বোল,*

*ডিসেম্বর ২৫, ১৯৯৬*

# ৱাহৈ খরদং

ছাত্র ওইরিঙৈদগী লাইরিক ইনিংবগী ৱাখলনা মপুং ওইনা থম্মোয়দা ফুমদুনা লাকখি। ইনিংবা পুন্নমক লৈত-লাইরগী ৱাখলনা পল্লোন চামা-চামা খাখিবনা কলম পায়বা ঙমদনা লৈখি। ঐগী পুন্সিগী অহানবা খুৎই ওইনা 'সাহিত্য থৌগল মরুপ' কী (১৯৭৫-৭৬) 'থৌগল সৈরেং' কৌবা অপুনবা সৈরেং লাইরিক্তা সৈরেং অনীখক ফোঙদোকপা য়াওজখি। থৌগলগী থা তরুক-তরুক্কী চেফোঙদা ৱারীমচা অমসুং সৈরেং খরসু ফোঙজখি। ইখঙ-খঙহৌদনা ইং কুমজা ১৯৯৫ গী জুন থাদগী ইনিংবগী ঈহৌ অমা ঈসিং ঈচাওগুম, সৈরেং মসিং ফনা য়াম্না ইজখি। মৈতৈ অমসুং লমদমসিদা লৈমীন্নরিবা জাৎ খুদিংগীদমক পুক্নিংদা নুংনাঙবা ফাওরকই। অসিগুম্বা নুংনাঙবা ৱাখল অসিনা মৈতৈ সাহিত্য ইমাগী মপুংফাবা তেংবাঙনি খনজরগা সৈরেং লাইরিক অসি পুথোকচনবা হোৎনখিবনি।

ফোঙদোকচরিবা সৈরেং লাইরিক কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল অসি রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলনা মপুংফাবা সেলগী তেংবাঙ পীবিদুনা ফোঙজবনি। সৈরেং পুন্নমক মৈতৈগী ঈসৈনি। মৈতৈগী সুর অমনি থম্মোয়গী সুর অমনি।

লাইরিক অসি ফোঙদোক্নবা হোৎনবদা মপুং ওইনা মতেং পীবিখিবদি রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলগী মেম্বরসিং অমসুং পদ্মা প্রেসকী ইচিল-ইনাওসিংনি। মখোয়গী সিংঙমদ্রবা লমন ঐঙোন্দা তোল্লবনি।

— অইবা

# য়াওফম

## কোরৌহনবদা থৌনিজবা

হে কোরৌহনবা মপূও
মৈবী থোক্লা চাক্রিবা নঙগী নঙালদা
কেমদুনা মাঙহনখ্রবনি
ঐগী ইপা-ইপূসিং।

লৈত-লৈত কৎচরী
চেং-থোইদিং
হৈ-লৈ খরদং।

কৈদৌঙৈনো ঐবু কেমহনবীদৌরিবা
ইপা-ইপূ চাকথেকহনখিবা মৈরীদুনা। ○

## মতৌ তম্বীগী মচা

“কনাগী মচানো
মসক ফজখ্রেদা
ব্লাখলসু ফজনা নৈবজাৎনি!”
“সৈরেং পারিবা ওজাসিরো?”
“ঐবুরো?”
“মানিনে।”
“মচানি মচানি
গুরুময়ুম মতৌ তম্বীগী”
তস অদুনিদনা! ○

# ঐগী ইমি

স্না-কোনুংগী মিংসেলদা
ইমি তারি ঐগী
ঐ ঙবোং ইল্লি
ঐ খূদৈ সেৎলি
তাহৌই মমি স্না-কোনুংগী মিংসেলদা
শ্রীগোবিন্দগী সেবারী কয়াগীসু
ঙবোং ইল্লি
সেৎলি খূদৈ।
পামজৈ ঐদি
মখূৎনা সাজবা মসানা সেংচবা।
ব্লাহোংগী মতু ব্লাক্লা থেৎপা
মতম্ম থরতনি
হৌখ্রে হৌজিক মতমদু
নুংসিদ্রা স্না-কোনুংগী মিংসেলদা তারিবা
ইমিসিংসে ঐখোয়গী
নঙ ঙবোং ইনবনি
ঐসু ঙবোং ইল্লি
ফিজেৎসিনা অপাম্বনি ঐগী।
ঐদি নঙনা
থেমলম্বদু নহানগৈখে
যেংলকপনি নমায়
ইমিদা সেং[illegible] ফিজেৎসিনা
ঐগী অসেংবা সকতমনি।
ভসেংনা ঐ
ঙবোং ইনবনি
সেৎপনি খূদৈ
অসুম সেৎলনি
নাউয়োমনুংগী অঙাংদুগীদমক। ○

# অনৌবা মপোক

পাইখ্রে মায়ংগী চরাং ওন্দুনা
নুংচাক্করবা [illegible] ঈগী ঈপাক্তগী
অনৌবা মপোক অমদা। ○

# অনৌবা নাউসুমসৈ

মচা মসুনি নঙদি পাখঙবগী
লাইমিংসু লৌরবনি খেত্রিয়দা
হায়রম্বদাই নপাবুং পাখঙবনা
ঙাক্না চৎলকউ নসাগী নসক
করিগী য়াসক ঙাকত্রবা ঙসিদি।
নঙগী নপা-নপুদি কৈরাক থাবনি।
নপাগী কৈরাক্তি ঐখোয়দা থাবনি।
নঙগী কৈরাক্তি কনাদা থাগনি?
য়াদবা ঙমদ্রে লাইনিংথৌ
খল্লুবদা নঙগীদমক ঙসিদি
মঙলান তম্মো তম্মো
মঙলান তম্মো হয়েংগী। ○

## য়াথং

য়াথং তৌরকই অঙম্বনা
পোস্ত পারতমদা
ইবুঙ্গো পোস্ত পারতম
ঝারেপ লৌরবনি ঐখোয়না
ককথৎলু গর্ভ চায়াম পোক্তবসিংগী
ককথৎলুনু চায়াম পোকপসিংগী
য়োকখৎলু মখোয়গী মচাদু
অফবা ভিতামিন পিজদুনা
য়েংসি স্মাক্তং
যাত্রা য়েংসি মমিং হোংবা
ইরৈবাক্কী মমিং
ইরমদমগী মমিং। ○

# মপাদা খোঙপাক্লা কাওবা

চহী য়াঙ্খৈগী মপাদা
কাওরী মমায়দা খোঙপাক্লা
নুমিৎ খুদিং
পঙলবা মাগী মচাসিংনা
লেপ্লা নৈতনা
য়াঙ্খৈগী ইরুফদিনসু।
উরি মমিৎনা
তারি মনানসু
বুদ্ধি লৈরবা
পাণ্ডিত কয়া কয়া
ইঙম ঙমদ্রি খামদোকপসু।
করম্বা মীসকনো
খাম্বীগদবা মহাকপু। ○

## খ্বায় নুংজেংবম পিবানা মীয়ামদা সেংদোক্লস্বা

ইরৈবাক্কী নুমিৎপু কাপথুখিবদু
ঐনি
ইমিং খ্বায় নুংজেংবম পিবা
মরম কয়া লৈখি পেনখিদবা
উসিংতবা মীয়েং কয়া লৈখি মখোয়গী
অদুগীদমক কাপ্পনি
ঐগীদমক নত্তে
ইরৈবাগীনি
ইমুং-মনুংগীদমকসু নত্তে
উপাই লৈজদ্রবা মখোয়গীদমকনি
ইরৈবাক্কীনি। ○

## উরাওবী

তে তে তেনরা
হৈনৌনা মুন্নগা
হৈনৌ তিন্না চাথোকই
উদগী চাউবা নোংমৈখোক
মনা পুঙবদা মন্ত্রিনি।
উ . . . উ . . . উ। ○

## উৎনা খুম্বা

মৈতৈ নিংথৌনা থারম্বা
নোংমাঙখা মখোঙসিংদা
লেপ্পুনা হৈরকলি মৈতৈপুম্বা
খোইহি
চুহি
সঙ্গোম।
হায় নোংমাঙখা সেবারীসিংনা
থুম্মী নোংমাঙখা।
ফনা হায়জিন্দুনসু
খায় নোংমাঙখা
হায়জনবনি মখোয় খরতনা
পাম্মী য়ানথৎখিবা পাম্বীদু ঐদি।
থাজবিদ্রে কনাসু হৌজিক্তি সেবারীসিংবু
থাজদ্রে কনাসু।
হৈনীংঙি ঐদি
খোইহিনা চোল্লবা খোইরাদুদা
খোইহি
চুহি
সঙ্গোম
নুমিৎচুপ্পা খোইহি থিঙ্গিরিবা খোইসিংগীদমক
মহুম মনুংদা লৈজরিবা খোইসিংগীদমক। ○

# চন্দ্রকংনালনা য়ূম্বুবা

ইবুঙ্গো নমান্নবদি
ঙন্নথ্রে য়ূম্বুবা।
বুদ্ধি লৈবা চন্দ্রকংনালনা
তাখি মরু লূকথদুনা
মমল লৈরবা মমাগী পাউতাক ৱাহৈদু।
মমা মচাগী য়ুমদু
কৃক কৃক লাউরকই
মীকুপ খরগী তুংদা
করি মতৌনো য়ুহা-হারব্রা
য়েংখি চেপ্তোকতুনা
মমা লুথ্রাবীনা।
য়েন্নখাগী ফল্লাঙদা
ফৈজা অমা থম্লগা
ঈল্লম্মী মকোকতুনা
কৃক কৃক চন্দ্রকংনাল।
মাঙ্গে মাঙ্গে ইমাই ইবুঙ্গো
তৌনু তৌনু তৌনুকো
তেক্কনি তেক্কনি তেক্কনিকো।
নঙনা পুদা য়াদে হায়রগা
দলিল অমা ইনসি
তেকপা কায়বা য়াওবদা
নঙনা লোয়না সিংবা
মদু য়াদ্রবদি
য়াদেহে ইমাদি
নঙ ৱাখন মুন্না তৌজৌ।
ঙাঙখিদ্রে চন্দ্রকংনাল ৱা মচেৎ অমফাও
হৌজিক তুমিন লৈরি চন্দ্রকংনাল। ○

## স্না ঈ

মসুনুপী মেনু লৈসাবী মপৃংনি
নোংমা উখি পুপু সোরারেলনা
য়াথং তৌথরকই লাইফংথৌ মরিফুমরিদা
হে লাইফংথৌসা
নোংমোইনু অহোংবী কৌবী ইচানুপীগী
মেনু কৌবী ইসুনুপী লৈবনে
লৈনম ফংলে সাৎকায়রবা লৈরাংগী
ঙাওরে পুপু ঐদি ইসুনুপীগী লৈনমদা
খোইবু চোপনিংলে লৈকু লৈরায়দা
সেমনিংলে অনৈবা তায়বং অমা
হায়রুচো স্না-ঈ পীগে
ঙাওনরুবে মবুং য়োয়মোংবদা
স্না-ঈ পীবে ইসুদা
ঐ নীংতম্ব নিংথৌনে। O

# সহুম ফংলবা উপাল ৱাপাল

নুংসিং সিংলি ৱা ৱা
য়েংদুনা নৈলখি মীপূম খুদীং
মীৎফম হোংদনা
হায় হুন্না জগোয় সারি
ৱাতোন উতোন
অচৌবা উপালদূসু সারি জগোয়
সাখি জগোয় ঐসু
সানিংবদি ইপোক পোক্লা
খনহৌদা মীকুপ অমদা। ○

## অরামচাগী মহয়

হয়িঙৈদা
লেম্না মাঙদে অরামচা
ফংঙি মহৈ হোৎনমনগী
হৌজিক্তি অরামচা লেম্না মাঙলে
মহয় ফংদ্রে
লমহাংদা মাঙলে
লোর্গতা মাঙলে
কনানা মাঙহনবনো?
করি থল্লি
করিগীনো তুমিন লৈরিবা। ○

## খুন্নাই অমগী অঙ্ক

নিংথৌরেল পুরিবা নিংথৌরেল
মান্নবা লূতর।

গনতন্ত্র পুরিবা গনতন্ত্র
মান্নবা নোংমৈ।

লূতর পুরিবা নোংমৈ
মান্নবা প্রোফেসনেল তেক্স।

প্রোফেসনেল তেক্স মান্নবা প্রোফেসনেল তেক্স
মান্নবা গনতন্ত্র। ○

## অরায়বা অঙ্ক

নারক্ত সাংপী লৈরাংনা
হীক হীক কপ্লি।

পাইথোকখিবদা খোইমুনা
লৈহি চুপ্লগা।

হরাও হরাও নোকই
গমলাদা সাংপী লৈরাংনা।
বাই বাই তৌহৌই।
মোমোন মোমোন নোকই।
মখুৎ হায়র – হায়রদুনা। ○

## অমম্বা

লৃদা চঙবা লিল অমা
নোয়হৈই মসা
অহীং অমতং
নোংঙানবগী অঙানবদু
অমম্বনি মঙোন্দা। ○

# মমি

নোংচুপ্তা হৌবা উপালদু
ৱাংথ্রে ওম্থোক্না।
কোরৌহনবনা তময়া কোরি চেনবদা
মমিদু মহাক্কী
তাথ্রি সিন-থুংনা
সাংদোক্লবা মাগী মমিদু
ঐগী ইংখোল জাইগোয়নুং।
ঐঙোন্দা তারমদ্রে মমিদু
ঐ লেপ্লি কোরৌহনবগী মঙালদা
পোখারি মখোয় উদুগী উরুমদা। ○

## হীরো অমগী ঈশৈ

পেম্মা!

অঙমরেলগী য়ুমদুদি

সোফানা গে গে লাউবনি

অঙৌবী সোফা ফম্বরা। ○

# ঋাংবা তান্নবা

ঋানা অমুক ঋাং
লীনা অমুক ঋাং।

নোংপোক্কা অমুক ঋাং
মহাদেবনা অমুক ঋাং।

পান্থোইবীনা অমুক ঋাং
দুর্গানা অমুক ঋাং।

ঋানা অমুক ঋাং
লীনা অমুক ঋাং।

স্নামহিনা অমুক ঋাং
কৃষ্ণনা অমুক ঋাং।

ইংলিসনা অমুক ঋাং
হিন্দিনা অমুক ঋাং।

সহরনা অমুক ঋাং
খুঙ্গংনা অমুক ঋাং।

ঋানা অমুক ঋাং
লীনা অমুক ঋাং।

ঋাংঙি ঋাংঙি।
নেশ্মী নেশ্মী।
নেশ্মী নেশ্মী।
ঋাংঙি ঋাংঙি। ○

# দিমার্কেসন

য়োং অমনা থরায়না পামজনা
হীয়াঙ্গে থাদা
তমলৌ অমদা চীংগী
তম্মী অমগী লৌফমদা
মোইরাংফৌ অমুনবদু
পামজনা ফৌ তুপতুনা
অমুনবা ফৌদু
চারি মরক মরক্তা।
মপুগী নোংমা হায়দুনি
য়োংগা মোইরাং মচাগা
থেংনরে লৌফমদা নোংমদি
মোইরাং লৌপূনা হায়খি য়োং ফুরগা –
মোইরাং ফৌদি মোইরাংগীনি
ওইবা য়ারোই অতৈনা
য়োংগী চীঙ্গাকতি য়োংচাকনি
হায়জৈ য়োংদুনা মমিত্তা ঈরা চেন্দুনা
চারুরে খরমখৈ য়ামানে খন্দুনা
ঙাকপিয়ু কয়ামা।
থোয়না সাউখি মোইরাংদু
উমংগী পুন্সিনি নখোয়দি
হিংবা য়ায় নখোয়দি
মপু-পান্দবা উহৈ-রাহৈসিং চাদুনা
হিংবনি মোইরাংদি মোইরাংফৌ চাদুনা
অসেংবা মরন্নি মোইরাংফৌ মোইরাংগী
থারবসু মোইরাংফৌ অতোপ্পা লমদা
লোক্কনি মদুগী মহৈদু মোইরাংনা।

ইরমদমসিদা হৌরিবা য়োংচাকমখৈ মখোয়গীনি
অসেংবা লন্নি য়োংচাক য়োংসিংগী।
ফনা খামজৈ খুল্লাকপা
লৈমিন্নসি চান্ন-চীন্ননা।
খুল্লাকপনা খামনা খামনা
অসুম পৈসিনখি মোইরাংফৌ মোইরাংদা
মীয়ামসু মনিত্তা উরি অসুম লেপ্তনা
পৈসিল্লি য়োংসিং য়োংচাক উমংগী কোনুংদা
মমিত্তা অসুম য়েংলি
খুল্লাকপবু থাজবা প্রজাসিং
য়াকা য়েংলি খরনা
পাঙ্গল থোকতে খুল্লাকপা
তত্তনা লাউরি অপুনবা খোল্লাওনা
হৈবনি খুল্লাকপদি দিমার্কেসনগী বিদ্যা
মহাক্তি সুপ্রিম কোর্টকী জর্জনি
মাওহন্নিংদে মাগী অচুম্বদু। ○

# ঐগী ইরায়বক

পৃথিবীদি লেপ্তনা লৈরী
লেপ্তনা পৃথিবীনা লৈবনা
ঙাওরি অসুম অসুম
ঐগী কোকসি নোংম নোংমগী।
নোংমদি পৃথিবীগী এক্রিসনা
মফম হোংগে খল্লক্লবা
কয়াম কৃইনা লৈখিনি
কোমলাগুম মসূং নায়না
চাখিরোয়দ্রা মুন্দূনা
চাকথুং-ফিথুংদ্রবা অঙাংসিংনা।
করম্বা কোমলাগী মসুংদনো
ঐনা হৌজিক লেপ্লিবা
চীংনৈ ঐদি তসেংনা
ঐনা লেপ্লিবা কোমলা মসূং চাখিদ্রা
থাংদোকপিরমদ্রা চীংনরি ঐদি
অতোপ্পা মসুং অমদা
মফমদো ওইরমগদ্রা চীংনরি
পিক্লবা রাখলগী মৈরীগী মসূং অমা।
তসেংনা তুজুংঙি ঐদি
করি ওইরগদগে ঐগী ইরায়বক
করি খল্লি নঙদি। ○

## ইম্ফাল সহর নঙগী নরায়বক

সহর
ইম্ফাল সহর!
ওস্লোকপনি নঙগী নরায়বক
নোংচুপকী ভূত ওনখ্রবা আত্মাসিংনা
কংলা সাগী মথক্তা তোংদুনা
য়াম্না উসিং থৌওইদনা
লাউ-খোংলি অহৌবা খোঞ্জেলনা
সিনবা থুংনা ঐখোয়গী লৈবাক
নীংতম্লবা মতমসিদা
করম্না অঙম্বনো লৈবাকসিগী
অয়াবা পীথোকপদু আত্মাসিংদা?
য়াজনিংদে ঐদি
পামদে তোংদুনা অসুম লৈবা মহাক্না
ঐখোয়গী ইপা-ইপু কংলাসাদা
ঐখোয়গী সকতাক কংলাসাদা।
লেপ্তুনা লৈহন্নিংই ঐদি
মৈতৈ অথৌবা অথৌবীসিংনা
ওস্লোকপনিদা ইম্ফাল সহর নঙগী নরায়বক! ○

## মৈতৈ ঈসৈ

ইপানা থনম্বা মাল-চাং ঐগীনি
মীপানা থনম্বা মাল চং মীচাগীনি
ঐদি ইপানা থনম্বা সুবদুদং
নলচেং ঈসৈদু লোকখংচদুনা মতমচুপ্পদা।
তসেংনা সকচনিংঙি মৈতৈ ঐগী ঈসৈ
সকানিংঙি পৃথিবী সীন-খুংনা।
নওগী মঙগী ঈসৈদা
খাজবা থমলি নপুক্কিংদা।
মীগী ঈসৈদগী সুর লৌরগা
লৈবাক মীয়াম যমাঙদা
অগঙ-অহৈ সাদুনা
সর্কারবা সৈসকতু
তুংগী মীরোন্না
নঙোন্দা য়েংগদবা মীয়েং
ওইরোগ অরায়বা মীয়েং
তসেংনা ঐদি পোকই ওকিবা
খল্লুবদা নঙগীদমক। ()

## লৈখোম থোক্রবা লৈবাক

ঐখোয় লৈবাক
লৈখোম থোকলে
নোংদি চুদনা।

লৈনাং তাপ্রে হেন্নদুম
থাজদ্রে কনসীনশিনি হান্নগুম। ○

# দ্রাইভর

ক্লাস ফাইভতা ফেল ওইখ্রবা অঙাং অমা
থৌরি লূপা লাখ তরাগী বস অমা
পনথুংফম লাইনিং ওইরি।
ক্লাস রানগী কোকতাঙবসিং
খূৎলাম তোয়না খৎলি পনথুংফম
সিলচর
গুরাহাতি।
দিমাপুর বাজারদা
ময়াং অমগী লেংবান্দা তোংলিবা
নোকহৌই য়াম্না হৌনা য়োং অমনা।
য়োংদুনা দ্রাইভরদুদা অমুক-য়েং
অফিসারসিংদা অমুক-য়েং
রাহৌই মথম্মোয়দু
পূম্নম মমহৌই। ○

# লিবা তান্নবা

সহরনা হায় —
ঐনা অহন্নি।

খুঙ্গংনা হায় —
ঐনা অহন্নি।

ফম্মেন ফমনৈ অমুক অমুক
চহীগী প্রমান তৌনর মানচেদি
লৈত্রি মৌভিক, লৈত্রি অমসাচে।

# মথংগী অয়ুক

ঐদি হয়েং নোংঙানবগী অয়ুক্কু
খ্রো খ্রো খোংলে য়েংনীংবনা
মতম কুইনা অমুবা ফুরিৎ লীৎলুরবা
কোরৌহনবনা ঐখোয়গী
মীওইববু চাকথেকপা য়াবা
মৈরীগী ফুরিৎ মৈরীদুনা
ঐখোয় পুম্বদা চাকথেকপা মথৈ
মহাক্কী মৈরীনা চুরকপদা
মীওইবনা ওন-থোইনা
চোং-ফন্দুনা খাঙবদু।

মৈরীদুগী য়েক্লবা ওইবসিং
মাঙখ্রসনু তুম্না
পৃথিবীগী লৈমায়দগী
মৈরীদুদা হৈনবা জীবসিং
হিংজসনু মপোকতুমগী নুঙঙাইনা
কান্নবা লৈরোই মতম থৈগোক্লবগী
কনবা ঙমলোই মতম্না ঐখোয়
খ্রো খ্রো খোংলে ঐদি
য়েংনিংবনা হয়েং নোংঙানবগী অয়ুক্। ◯

# কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল

হে কোরৌহনগ মপুরেল
ঙাল্লম্বদাই নঙগী সেংলবা নঙালনা
কল্লকখ্রেদা নঙগী সেংলবা মতম অমগী নঙালদো
কদায়দা লৈখ্রে নঙালদু ঙসিদি।
করিগীনো নঙনা
হক্ক-পামজরিবা অমুবা মঙালবু
নঙগী পামজবদি কুইরবনি
কুমজা কয়া কয়ানি
অদুনা ফংলবনি অমুবা মঙালদু নঙনা
নীংবা থুংজরে নঙদি
ঙাম্লোকচবা ঙমজরে ননীংতৌনা।

নঙগী অমুবা মঙালনা
সুক্কবা অহীংগী অমুবা মঙালগুম
পীনবিরে নঙগী নঙালবু
চন্নবা মীচমসিংগী সেংলবা থম্মোয়নুংদা
ঙাম্লোকহল্লে নঙগী অমুবা মঙালনা
ঙমখৈ লৈত্রবা অমম্বা ওইনা।

নঙগী অমুবা সমাজনুংদগী থক্তোরকপা
অমুবা মঙালদুনা
নমদুনা মঙাল পীবা নৎত্রা ঐবুসু!
ঐদি সেংলবা মচুগী থম্মোয়নি
করিগীনো নঙনা ঐবু হিংহনবিরীবা
নঙগী অমুবা মঙালদা
পামজদবনি ঐদি নঙগী অনৌবা অমুবা মঙালদু

হিংলি হায়দুনা নঙগী নখাদা
ঙালহনবা নৎত্রা ঐবু পামদ পামদনা
থক্তোরকপা নঙগী অমুবা মঙালদু পীদুনা।
হীংহনবিরে হৌজিক্তি নঙনা ঐবু
নঙগী অমুবা মৈরীগী মঙাল অমদা
থক্তোকহল্লি নঙনা নঙগী অমুবা মঙালসিং
মুনা ঙাল্লবা ঐগী হকচাংদগী
তত্তনা মঙাল পীহল্লি
চল্লবা ঐগী নুপী অঙাংদা।
হৌজিক্তি মখোয়সু ঙাল্লে
পুম্মম মল্লবা নঙগী অমুবা মঙালনা
ঙায়দুনা লৈহল্লি মখোয়বু
গর্ভনুংদা লৈরিবা অঙাংসিংগী
নঙগী অমুবা মঙাল পীনবা।

হে কোরৌহনবা!
চীংনদবা ঙমদে ঐদি নঙবু
ঙায়রিবনি নঙবু তুংগী চহিচানা
অরংবা মহাক্কী মৈরীগুম্বা মঙালদুনা
চীংনৈ ঐদি
নঙগীদমক চীংনৈ। ○

## নুংগী য়ূম

নঙদি নুংনি
ঐনা য়েরুমনি
নুং নঙনা সাবা য়ূমদা
লৈরক্লি য়েরুম ঐনা
কৈদৌঙৈনো নঙনা ঐবু থুগায়বিগদবা? ○

## মথন্ত লাকচবা

লাকই নোংমৈ অমা
খ্বায়দগী চাউবা বেঙ্ক অমদা
হায়রৈ ক্রোর অমা —
পায়গদবা খুৎলায় নৎত্রা নঙদি
মীনা মীগীদমক
লৈত্রে ঐবু পায়বিনবা মী
অদুনা লাক্লুবনি
লাক্লুবনি ইথন্ত। ()

## লংমাইজীং

য়ু ঙাওহৌই মহাদেবদু
বারুনি নুমিৎতা।
য়েংনহৌই ঙরু
বারুনি চীংগী চীংদোন্দা
মাবু থাজবা জাত্রিকসিংনা
কোয়রাউ লাউহৌই লৈয়েং ইফায়-ফাইনা।
ঈসিং চেপ্লোকলিবসি চীংনুংহুত্তা
থাজনরি কনাগুম্বনা
হুৎপা নত্তে ঐনা
হায়জনবনি ঐনা থাজগনবা নখোয়দা
হুৎলমগনি থাজৈ চীংনুংহুত্তি হুৎতংঙানা
কৌএ বারুনিসু লংমাইজীং।
মৈতৈদি মসা নাল্লকই
ফিজোল সেৎতুনা বৈষ্ণবকী
য়াদে হোংদোক-হোংজিন
অরোয়বনি মাদি
মপাবুংনা হায়রম্বদুনা। ○

## লৈঙাক্লোল

লৈঙাক্লোলগী চৎনবীনা
নীংতম্ন লেঙ-ঙৎসিবা
মীওইবগী মরৈবু
ঙাকহল্লি সিফায়না।

মচিঞ্জাক চাবদা সিজীন্নরিবা
সা-সনগী মরৈবু
ঙাকসেল্লি মতমচুপ্পদা মীওইবনা। ○

# অনৌবা লম্বী সেম্নবা থৌরাং

ওম্ভোকপনি ইমা পাম্ভোইবী নঙগী নদাউ
চহিচা কয়ানো?
সনীনা নঙবু য়েংলকপা
হৌজিক্তি সনী ওইরিবা
নঙবু পোকপা পম্বৌদু
মপোক থোকলে
ময়া লাংলে
মমং মখুৎনা লামলে।
সেমলগনি অনৌবা লম্বী অমা নঙগী
হৌজিকমক সেমলে থম্মোয়নুংদা। ○

কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল/৩৬

# ঐনা সিরবা তুংদা

ঐনা হয়েং সিরবা তুংদা
মৈ থাবিরক্কনু
বৈষ্ণবকী চৎনবীনা
পীথোকপিগনু ঐবু
মেদিকেল সাইন্সতসু
কান্নবনি মদুদি মখোয় খরতগী।
হিংলি ঐ হৌজিক
ওইজবা থিরি ঐগী
অদুনা ঙমদে কনাগী তেংবাঙবা।
ঐগী থব্লায়না মাঙখ্রবদা
ককপিয়ু ঐগী হকচাংবু মতমদুদা
মতুপ মতুপ কয়া থোক্লা
থৌরবা থাঙদুনা নখোয়গী
অচৌবা ঙা-সেম্বগুম
ফৌদুনা থম্বীয়ু ঐবু
য়াক্লবা কালেনগী নুংসাদা
নৎত্রগা
ভুং ভুং চাক্লিবা মৈরীদুগী মথক্তা
ফৌবিয়ু ঐবু
ক্রুং ক্রুং কেমহনবিয়ু
চপখায়বিয়ু স্তোন ক্রসরনা নুং চপখায়গুম
চপখায়বিয়ু ঐবু উফুল তানা বেসোন তকপগুম
ভোৎসিনবিয়ু ঐগী উফুলদুগা মিলগী চেঙকুপকা
সেম্বীয়ু ঐগী হকচাং মপুংথত্তু
পোলতরী ফীদ ওইনা
মেত্ল্হাকপিয়ু ইরৈবাক্কী পোলতরী সারংসিংদা

চাজসনু ঐগী হকচাং উফুলসিংদু
সারংদা চাকথুং-ফিথুংদ্রবা তোল্লবা উচেকসিংদুনা
ঙহাকতসু নুঙঙায়জসনু মখোয়গী অনৌবা ঋখনা অমদা
নীংতম্বা ওইজসনু পুন্সিগী মীকুপ খরদসু
মীকুপ খরদং নে-তানা হিংলগা
হিংসা পাম্বা মীওইবগী খয়াত্তা
ঐগী হকচাং মকুপ্পা নোয়রবা
য়েনবা-য়েনবীসিং
চাজসনু মবুক পেন্না
মদূতনা পেনজরগে। ○

হনুবনা থেম্বা

সহর ঐদি ড্রাইভরনি

খুঙ্গং নঙনা গারীনি

অতো হায়হৈদেনহায়। ০

## বাঁসিদা ঙাওবা

বাঁসি খোংলি হৌজিকসু শ্রীকৃষ্ণ
দর্শন তৌরি কদমগী মখোঙ খূদিং
বাঁসিদা ঙাওরিঙে শ্রীকৃষ্ণ
মহাক্কী ফমফম সোফাদুদি
হূদুনা পুখ্রি প্রভু জীসুনা
খঙদ্রি হৌজিকফাও
মাঙখ্রবা সোফাদু
বাঁসিদা উংলি শ্রীকৃষ্ণ। ○

## হেকখ্রবা চা মতোন

চা মতোন
হেক্লি লেপ্পা লৈতনা
চা মনা হেকপীসিংনা
হেকতা য়াদে মতাগুম।
হন্ন হন্ন য়েনীং হল্লি
অনৌবা চাগী মতোন্দি
হেকপদি লেপ্পা লৈত্রি
লেগুনা হেক্লক্লি
কর্ম্মচারীসিংনা থাজবা চাগী মতোনবু
মথল্লায় খুবাক্তা হাপ্পুনা।
ইফং ফংদে অল্লামন
লেপ্পা লৈতনা হেকলিবা চা মতোনসিংদুগী
খরদংদি ফংঙি
মতিক চাদ্রবা খুৎসুমন
ফংবনি দরকারদুদং
লৌখি পুন্নমক্তি মহাক্কী
লোয়না লৌখি
মাঙ-তুংদি কোয়সিল্লি
অমম্বা অহীংনা
ঐসু পুম্মম মম্মী থল্লুবদা। ○

# মূক্কা জাত্রা

ঙরাং নুম্মিদাংবায়
ইবুধৌ থাংজীংগী লাইমাঙদা
মৈতৈ জাত্রা অমনা সীংলোয় ওই
য়ুরোপকী জাত্রা অমনা লারোয় ওই
সান্নখি মূক্কা জাত্রা
য়াম্না কন্ন কন্ন মূক্কদুনা।
হায়নৈ অউবা ভাবকসিংনা
হেল্লি হেল্লি মরৌসিং মথৌনাদি মৈতৈনা
হায়নৈ কনা অমনা
মবুক লুনা সাম্রে য়ুরোপপা
মূক্কবদগী য়াম্না কন্ন
ফৈদু তুসিনখি মীরক্তা।
মোইরাংগী মূক্কা বায়েনবদুনা হায় —
মূক্কাদি থাবনি মৈতৈ সীংলোয় জাত্রাদুনা
ম্না-কোনুংগী মূক্কা-বায়েনবদুনা হায় —
ওইফম থোকই জাত্রা য়ুরোপকী লারোয়না
মহৈ মহৈ য়েংনখি
তিল্লিবা মীয়ামদু লোয়নাইদনা
বারেপ লৌবা ঙম্নখিদে
কনানা মূক্কা থাবগে?
ম্না-কোনুংগী ফম্নায়বসিংদি
তুং-ইন্দুনা চংখি য়ুরোপকী জাত্রাদুগী
হন্ন য়েংলমদে লেইরাং সীংলোয় জাত্রাগী মরৌসিংদু।
ইকুই নুইদনা
সাখি উমংলাইগী লাইসঙ অমা
বাংলবা সহরগী চীংদোন্দা

য়ুরোপকী জাত্রাগী মমায়দা
স্লাগী উমংলাই কোমায় হাপ্তুনা
স্লাগী মেদল ক্রুমক্রুম সিবিদুনা
উমংলাই লাইংহন্নি হায়দুনা
মখোয় মপা-মপুগী।
থমখি ঈরাংতুনা য়ুরোপকী জাত্রাবু
মীংথিরবা লাইসংদুগী মনুংদা।
নোংমা উন্নখি মোইরাং মৈতৈ সীংলোয়গা
পাউখোম কাওবুগা লৈবাকসিগী
লোইলমগী সাহিত্যনি ঐখোয় সাহিত্য
পেন্দনা ফোংদোকখি মৈতৈ সীংলোয়
সমুদ্রে সাহিত্যগী লম্বী
খুঙং অমসুং সহর। ○

## অনৌবা ৱাহৈ

খঙদেনে তৌরিসিবু
হাৎলমাল্লে ঙরাংমসু। ○

## মরেং তারবা ঙাক্রা

ইনাকখুনবদুগী খরূংদা য়োক্লিবা
মরেং তারবা অচৌবা ঙাক্রাদুনা
য়োকমিন্নরিবা অসোনবা ঙাসিং
চারি হাৎল-হাৎলদুনা
থৌরবা মচিদুনা মাগী।

খৌসারী ঙারাকপী অমসু
লাক্কদবগী মতমচুপ্পদা মাবু
ঙাইরি খরূংদুগী মপালদা।

ঙারাকপীদুগী ধমকাদু
হায়ঙমদ্রি করিসু ইনাকখুনবা। ○

## মমাগী বর

ইমাগীদি পিদোনবা
তীং তীং চাউরো
কোরৌগী অমম্বা মঙালদা
নপা মকু-খোক্লবা। ○

# অহানবা আই.এফ.সি.দি.
# মন্ত্রিগী ৱারোল খরা

খঙলরোই নখোয় অয়াম্বনা ঐবু
ঐনি ইহান হানবা আই. এফ. সি. দি. মন্ত্রিদি
ইমিং ঙাংঙোই য়োয়মোংবা
নিংথৌনি ঐনা মতমদুগী
ঐগী মরুওইবা নৈবাক ঙাক্লোন্দা —
হোম —
দিফেন্স —
আই. এফ. সি. দি.।
মনিপুরগী তুরেল পুন্নমক
তেংখিবনি ঐনা লুচিংদুনা
তমগী লমদা তুংলম্বা ঈসিং
খুদোংচাবা পীখিবনি ঈচিদুনা
মৈতৈনা তমদা খুন্দানবা।
মীওইবগী য়েক্কবা দাইনোসরগুম তমথিরবা
কাকয়েন মীঙম্বা
হাংখিবনি ইচিল-ইনাওতনা
মনিপুরীসিংগী তুংগী য়ায়ফনব
ঙসিদি ঐবু কৈ হায়বা ইরৈ[illegible]
য়া[illegible]ন্দ্র তাঙলে
হৌজিক, নখোয়গী হৌজিক্কীসিদি
তুরেল তেংবদি কাকয়েন মীঙম্বা লৈতবনা
মাইথম উপলি মহাক্না কাকয়েন মীঙম্বগী
ফজনা চারি মহাক্তি মীওইবগী সদোং[illegible]
তিংথংঙুম থৌরবা মাগী মহুক্লুন।
নুংসিদ্রা নঙগী নরৈচাগী সেগায়রবা সদোংসিং

খাঙদুনা নৈখিদ্রা কয়াম কুইনা
নঙদি নৌসিং মপুং ফারবনি
খনবিয়ু খিত্তসু অনৌবা মীরোন্দুগী
ঐদি নুংসিজৈ খুঙ্গং সহর তুনা
মনুং মপাক লায়দ্রবা মিনুংসিনা। ৩

## অঙাং নিংথৌ

কনা লৈত্রবা অঙাংসিং
কাওথ্রুম তানবীসিংনা তৌথোক্লম্বা অকংবা লৈতুমদা
চারী কাওথ্রুম অকংবা লৈতুম থুগায়দুনা
য়ান্না থুম্বী অকংবা কাওথ্রুম
য়াদে পূক থলহনবদি চাক ওইনা।
তৌথি লৌসিং কাওথ্রুম চাফমদুদা অঙাং অমনা
অহন্নি ঐনা নখোয় ময়ামদগী
য়ারো ঙসিদি নখোয়
ঙসিগী নিংথৌদি ঐনা ওইরগে
কাওথ্রুম চামা ফংবা অমনা
পীয়ু ঐঙোন্দা তরা তরা
নিংথৌ ওইজৌ নখোয়না হয়েংদি।
নুমিত্তুদি মসানা ওইজবা নিংথৌদু
ফংখি চাজবা মবুক পেন্না
অপংবা অঙাংসিংদগী খোমগৎলবা অথুম্বা কাওথ্রুমসিং
নুমিত্তুদনি মহাক্কী অনিংবা থুংনিংবসু
নোংমাতংগীনি মহাক্কা খল্লম্বা
সূকখন খনখিদ্রে মথঙগীদি। ○

## কাকয়েন মীঙম্বদা পীবা চিথি

মরুপ কাকয়েন মীঙম্বা
নঙগী মীসা চাবা নুমিৎ
নঙগী সারুপ চাবা নুমিৎ
নঙগী ঙারুপ চাবা নুমিৎ
খাঙবা ঙমদ্রে মীওইবা ঐখোয়দি
নঙনা পায়সিল্লে ঐখোয়গী সক্তিসু
তুহৎতুনা থম্বীরে নঙনা ঐখোয়বু।
পুকফবনি ঐখোয়দি
কল্লক্তে ঐখোয় নঙগী সক্তিদু
তসেংনা মান্ননিংদে ঐখোয়দি নঙগা
অদুবু চেকসিনজৌ
মরৈবাক নুংসিবা খুয়োয় মপারীসিং
য়েংলিবনি তাঞ্জা নঙগী
সিন্নখ্রবনি মখোয়দা
ইমা লৈমরেল সিদব্রীনা
নহাক্কী খুৎসুথাং
নহাক্কী লীরুংতেন। ○

# লমহাঙ ইংখোল

ঐখোয় যুমলোন্নবা অঙাংসিংনা
ব্রা উনৌ যান্দুনা
হংগেন তাওরী
লেপ্তনা সিরি পৈয়া
সম্বল খারী
অহল-লমন্না থনম্বা লৌ-ইংখোল
উনৌগী উয়রবা পৈয়াসিংনা
পুন্সিল্লি লেপ্তনা অরিবা ব্রাসিং।
কোরৌহনবগী মঙাল ফংবদা
তৎতনা তৎতুনা মাঙলি।
হন্ন হন্ন পৈয়া সিরি
হন্ন হন্ন সম্বল খারী
হন্ন হন্না উনৌ যাল্লি
হন্ন হন্ন সম্বল পুল্লি
অউয়বা অনৌবা পৈয়াদুনা
ক্রক ক্রক লাকসিন্না পুল্লি
অরিবা ব্রাবু অনৌবা পৈয়ানা।
চীংনৈ ঐদি ব্রাপল মুৎলগদ্রা
পৈয়া সিনবা উনৌ তোয়না যানবদগী
মথং চহীগী উনৌ চোংলরোইদ্রা!
পৈয়ানা সম্বল খাবগী মহুত্তা
নুংনা ফল্লাং খাজীনবনা
ফংগনি খুভম মখোয় অহন-লমনগী।
অহন-লমনগী সেংলবা ইংখোলদা
হৈ-লৈ-মনামসিং
ঙমগনি থাজবা

হেকচবা ঙমগনি মখুৎমক্কা
নীংতম্বা খুৎহেক পরিং অমদা
নীংতম্বা ইংখোলদূদগী।
তৎখিনি পৈয়াদি নোংখাঙ চাইবদা
অনৌবা পৈয়ানা সম্বল পুনবদি
তেল্লবা মীকুপ খরতনি
তসেংনা ঐ নুংঙায়তে, থৌওইনা
থৌওইনা নুংঙায়তে
ঊনৌ তোয়না য়াম্লোকখ্রবা
হাঙলগদবা ইংখোলদুগী। ○

# সিজীন্নদ্রবা মহীক হীদাক

লাইকোয়গী মহীক্তি
ঙন্মী হাৎপা
তোরোংখোংচাক মহীনা
চুনবা হীদাক তৌদবনা
লাইকোয় থুংলবা জাতি
খাঙলি খ্রো খ্রো খোত্নুনা
তৎপমখৈ মসাগী উনসা।
সারী ঈহিং-নাইহিং জাৎতুগী খুজিলসিং
তৎলি মতৎ মতৎ
খোৎতৎলবা উনসাসিং।
লেল্লী জাতিদু অদুম য়েংদুনা
মমাঙদা থমলিবা লাইকোয় হিদাকপু।
সিজিন্নরখিনি নোংমদি মহাক্না
মতমদুদা মাগী উনসাদি
ওইবা য়াই অরুবা তংফমদা। ○

## অপুম-অসাগী নিংথৌ

ওল্লি লেপ্তনা অওনবা কাংখোঙনা
লেপ্লা লৈত্রি
অহৌবদগী অয়োয়বা মকোয়দা
চৎখ্রি কাংখোঙনা তকখায়দুনা
ফত্তহৌদি অপুম-অসা
গর গর ওল্লিবা
কাংখোঙগী অকোয়বদা
পল্লি চহিংচা কয়াগী ফত্ত-হৌদি
হোৎনবদি লৈতে কনাসু চামথোক্লবা
অমোৎপা তৈরবা অওনবা কাংখোঙনু।
নুমিৎকী মঙাল ফংল-ফংলগা
ময়েক লারকই থোইনা-হেন্না
মালংবগী সহুম ফংল-ফংলগা
ফোঙদোরকই অমোৎপগী লৈনমদু।
ফত্ত-হৌদিগী লৈনম তাবদা
অপুম-অসাগী নিংথৌ
হোল্লকই স্বর ফুইনা ফুইনা
কাইথোকই চহীগী বজেৎ চাউনা চাউনা
পাইহল্লি মজাতিগী ফিরাল
সকহল্লি ঈসৈ মজাতিগী
অওনবা কাংখোঙদা পল্লিবা
অমোৎপা ফত্ত-হৌদিগীদমক। ○

# বীলাতি ওক্কী লাইবক

কালীমাই মনাক্কী বীলাতি ওক্লা
খুরুমজৈ কালীমাই নুমিৎ খুদিং
হিংজগে ইরৈবাকসি মতমখিত্তা।
য়োম্থোকখি মাবু মনিজাউনা
সহরগী চাউরবা হোতেল অমদা
চিংদুনা পুখি মঙক্তা থৌরী থুদুনা
বীলাতি ওকলাবদু।
কালীমাই মমাঙ লানবদা ওকলাবনা
কৎখি লাইবক মহাক্কী খুম্মাং থাঙ্গৎতুনা
মোরে গুলীনা থোম্থরবা মরায়বক্তুদা
পোথাজখিগে নোংমতংদি অচৌবা হোতেলদুদা।
নঙহৌদে পোথাজবা মীৎকুপ অমফাও
ফুথরকই থোৎলবা বীলাতিগী লৌরাইদা
সীম্থরকই ঙাঙলবা ঈখেঙনা
তরু তরু পাঙলিবা মীৎশ্নাদা
উরকই তায়বংপাল মসেন মরাং।
উরকই মীৎকুপ্তুদা তায়বং অমা
ইমা কালীমাই
তিংথোক্লদুনা মরৈ হা হা
তাখি অপূনবা খোঞ্জেল অমসু
তায়বং মীৎয়েং অহুমগী
প্রভু জীসুগী —
শ্রীকৃষ্ণ —
ভগবান বুদ্ধগী —
"হে বীলাতি ওকলাবা
লানখিবা নৈতে নহাক্তি মীওইবদা

হৌজিক্তি লান্দবা জিবসিং
থৱায় থারগনি
মীওইবগী মথৃত্ত
নঙগী নরাল হায়ববু
মসা নোয়নবা তৌখিবদুনি মীওইবগী
নখোয়গী ওক সাগৈনা।
ঙসিদি নঙগী খোঙ্গুল
মূৎথ্রগনি তায়বংদগী
নঙগীদমক কনাসু লৈরোই
লৈরোই ৱাকৎপীনবা।" ○

## এফ. এম. ৱেভতগী

হেল্লো
হেল্লো হেল্লো।
করি হায়বা?
সিরে হায়বা
করম্না?
স্যার পাখঙদু
চেল্লু চেল্লু চেলহল্লগা
পীখিবনি হেদ-তা বুলেত অমতং
কিদ্রো?
লৈরি নমাঙদা লো
সার লোদি পিদে হেদ-তা লমন ওইনা
লোগা লোগা চপখায়নফমদা
সিংচেপ থারবদি গান্ধী য়েকপসিংনা
সিররোই ঐ। ○

# সাগৎখ্রবা হকচাং

য়েরুমদগী য়েন্নাউগী হকচাং সাগৎপদি
সাগৎখি অহৌবা ওইনা
কোক্কী সরুক্কা
সাগৎলকই মথং মথং
কোক
হকচাং
মসা
মখোঙ
ওইখি মপুংফাবা হকচাং অমা।
হকচাং সাগৎপদি গৌর-মহাপ্রভূগী
খোঙদোন্দগী
খুজেং
খুউ
খ্বাং
থবাক
লেংজুম
কোক
সাবা লোয়সিনখি অরোয়বদা
ব্লাখন খনফম কোক্লা।
নহাক থাজব্রা?
থাজবা ঙমদে ঐদি
থাজদে মেদিকেল সাইন্সনসু
থাজরি করিগী নঙদি
মতম অসুক কুইনা। ○

# পণ্ডিত অনী ৱাইনবগী মখোল

পণ্ডিত অনী ৱাইনৈ
তাইবং কাণ্ডজৈবুং অমদা
থেংজিন্নৈ পাক্লবা মরায়বক অনীদু
ঈখেংনা ভ্রো ভ্রো হৈথৈ
খোঞ্জেল অমা থোকখি
হায়নৈ অতাবা মীনা
মখোলসিদি দোং লাওই
নত্তে মখোলসিদি কিন-কিন-কিন
দ্রগ ওইনা চঙখি মীওইবগী হকচাংদা
তোৎসিন্নরবা মখোল অনীদু।
দ্রগকী নিসাদা সিবা ঙাইরি
পান্দম য়াওদ্রবা মীওইবা।
লেপ্তুনা তাদুনা লৈরি
পণ্ডিত অনী ৱাইনবগী মখোল
হে মীওইবা নঙসে পঙখ্রেদা!
ঙাওজ্যা ফংলে নঙদি
মীওইবগী ৱাইনবা উবদা। ○

# জরসী লাবদুগী ৱাখল

ভেতরিনরিগী কাওসেদতা থাক্লিবা
জরসী লাবসিং
খোংলি করান্না
য়াক্লবা সুন্দ্রংগী মখোলদা
মনীংতা সং সং উরি
মৈতৈ হাতন্না য়েন্নৌ চাবগী ফজবদু
লমখুংফম য়ৌনা চংচনীংলি
এফ ৱান
এফ তু
এফ থ্রীগী।
লেপ্তনা পামজরি মসিং মান্নবা
মৈতৈ সনগা জরসী সনগা
লেপ্তনা লাইনীং ওইজরি
নিজরি মখোয়গী খুভম অমতং
মৈতৈ জরসী সন হায়ননবা
নৈখোমগুম পেথোকলি মথম্মোয়
ভেতরিনরি মপুরেল।
ফংগদবা মিংচৎতু খীংতা ঙায়রে
মাইক্রোস্কোপকী মীংয়েংনা
তঙায়ফদে য়েংথোকহৌবা
সাংলবা তুংগী লমখৈফাওবা। ○

# সীংনরকপা

এমপ্লোয়মেন্ত এক্সচেঞ্জদা
মসীং থীঙমদ্রবা সিফায় কয়া কয়া
থম্মোয়দা নিউক্লিয়ারগী খুৎলায় পায়দুনা
সীংনরী য়াওলগী ব্যুরোক্রেতসিংবু।
নোংম নোংমগী এদমীৎ তৌরিবা সিফায়না
য়াওল কয়া কয়া লোল্লক্লি
সিফায় কয়া কয়া পৈসিল্লক্লি
থৌরীনা পুনসিল্লক্লি সিফায়সিংবু
গৌতম বুদ্ধগী থৌরীনা
খরনা লৌমীগী থৌরীনা পুনসিনখ্রি
মপুন্সি লোমখ্রি মনীংথুংদনা
খরনা নমদুনা লংথোকহল্লি
থম্মোয়দগী নিউক্লিয়ারগী খুৎলায়।
অনৌবা থুংলবা সিফায়দি
লেপ্পা লৈত্রি হপ্পা খুদিং
অদুবু মথংদা থুংলবা সিফায় কয়ানা
চৎখ্রি খোঙপাক্লা কাওথোক্লনা
গোপাগী তৌসিন্নবা থৌরীবু।
মিপাইরবা য়াওলগী ব্যুরোক্রেতসিং
মপা মপুগী সিংহাসন চেজেৎ কোল্লগা
অনৌবা থুংলবা সিফায়সিংগী
লম্বী চিদায় অমদা
চৎলী নাথৈদুনা
ফীজোল সেৎলদুনা সাধু সন্যাসিসিংগী
থাপ্লবা লমদম কয়াদা মহাত্মা
থারি চৌক্রি অনীদং
মসীং থীঙমদ্রবা সিফায়সিংদুগী।

মসীং লাকণ্ডমদ্রবা সিফায়সিংবু
চৎহল্লি সাংলবা লমসাং অমা
পম্বুংফম য়াওদ্রবা লম্বী অমদা
তান্নহল্লি গৌতম্না
মহারাণী গোপাবু
মখূত্তা তাইবংগী লীপুন পায়দুনা
করিসু কান্নখিদ্রে গোপা
নৌনা থুংলবা সিফায়সিংদগী। ○